# সেক্সপীয়ারগী ড্রামা রারি

## এ মিড্-সামার নাইটস ড্রীম

থব পুবা লইবগীনি।

মমল লুপা ১.০০

অফোংবা :—অচোম পশোং সিংহ
ইথোকচবা :— „ „ „

অহানবা নম্বা—১৯৭২ ইং
কোপী মশীং—১,০০০

নম্বা—
জে, এম, প্রিন্টিং ৱার্কস
মোইরাং থোম জন্মস্থান।

# ৱাহৌদোক

চহি চামরি কুনগী মমাংদা ইংলণ্ডা পৃথিবী ফাওরবা উইলিয়ম সেক্সপীয়ার পোকখি। ইং কুমজা ১৫৬৪ দনি। তুরেল মচা আভনগী মপান্দা তাবা ষ্ট্রাটফোর্ড কৌবা সহর মনাদা মাগী মযুম লৈরমই। মাগুম্বা মীশক অসি অতাঞবনি। কবি অমনী মগুণসু লৈরমই। ড্রামা ইবা হৈবা নিপা অথোইবা অমসু ওইরমই।

লাইরবা মচা অমা ওইরমই। অদুবু নহা ওইরিঙৈদা লাইরিক খরদি তমজহৌই। অহানবদা ওঝা অমা ওইনা মথৱাই হিংনবা থবক পাযখংলি। মাতুনা মাগী অপেনবা ফংবা ঙমখিদে। মাগী মশাদা নহা হংহল খাক্লনা মানা পীজবা ঙম্বা ৱাখলগী মচাক লৈজে। অদুবু ওঝা অমা ওইনদি কোংদোকপা ঙমলোই খল্লি।

ওঝা ওইবা তোকখোক্লে। লণ্ডন সহরদা লাক্লে। অফংবা থবক অমা হেক্তা পাযখৎলি। লণ্ডনগী ড্রামা হোলগী শগোলশংগী মচি অমদা লৈবমই। শগোল শেম্নবগী থবক তৌনা তৌনা এক্টর অমা ওইবগী খুদোং চাবা ফংজে।

সমাজগী মফুংদা থোকখিবা থৌদোক্কী চপ চাবা মতৌ তম্বা ৱাঙাং ৱাতা হকচাংগী কিভম মথুং মশা হাইদোক হাইজিননচিংবা অমম্বং অৱাবা সুংঙাইবগী মাইথোংদা উংপা শক্তম্না

এক্টর অমা ওইবগী থানবা য়াত্রবা মগুণনি। মাগী মশাদা মানা এক্টর ওইবদা অহোবা অমত্তা লৈখিদে।

মানা ইবা ড্রামাশিংদগী করিগুম্বা মকমদা গুণশিং অসি অৱাংপা লৈতে। মানা ড্রামা য়াম্না ইরমই—অৱাবনা লোইশিনবা ড্রামা অমসুং মুংঙাইবনা লোইশিনবা ড্রামা। লাইরিক মচা অসি বারেংগী মওংদা শম্না ইথোকচবা সেক্সপীয়ারগী মুংঙাইবনা লোইশিনবা ড্রামা অমনি। মহৈ তমথংলকইবা অঙাংশিংগী ঐনা তমজবা মতেং মচা অমনি।

শ্রীঅচোম্ পশোৎ সিংহ

ডেমিত্রিয়াসনা হার্মিয়াদা য়া ৎরা হায়রকই—"হার্মিয়া। নংবু পোকপা মপানস্থু ঐবু পামই। লৈবাক্কী য়ারেলগী মপু ওইবিবা নিংশৌনস্থু ঐবু অচুম্বা মীশক ওইনা তাকপিরে। ঐ এন্থু নংবু পামদে। নংগী য়ারেপ অদু এগী লুহোংবগী অচুম্বা ওইগনি।"

মতম অসিদা লাইসাণ্ডার শাউবনা মমিক্তা ঈ-কারে। ডেমিত্রিয স হুন্দুন। হায়রকই—"ইনিংঙো। হার্মিয়াগা ঐগা ঐখোয় অনিমা মন্নুংদা। লরিবা "নুংশিনব" অসিদি নোংদোল লিক্লামুক শংব পাংকক্রি। অদুগা ডেমিত্রিয়াসনা হার্মিয়াবু পামই হায়বাসদি—ভৌ কিময মামৎ কবাদু—অউ অউবা পাম্বা য়াম্না থৎপা থবক্রি মাদ অসিগী মমাংদা নুংশি উরোং থিল্লুরবনি। নদার গী মচা নুপী হেলেনাবু লুহোংগনি থোরাংলুরে। হেলেনানা মাবু হৌজিক কাইথি থিরিবনি। হেলেনাগী মথল্লাই মচা যাওনা ডেমিত্রিয়াসপু নুংশিজবনি। মানা ওসি হেলেনাবু থাদোক্লগা ঐগা নুংশিকাদা অয়েংপা অপুনবা অমা থোকহনবা অসি শংদোকাপথু। অদুগা ইজিউস।"

লাইসাণ্ডারনা য়া হায়জবা লোইবমদাইদা,—থিসিউসনা হায়রকই—থওলে, থওলে। ঐনা লোইনা থওলে। হেলেনাগী মফমদা ডেমিত্রিয়াসনা চৎপা লীচৎ—মরম পুম্নমক ঐনা তারে; ঐনা পাম্বাসু মানা হেলেনাবু লুহোংবনি। তৌইওম্বসুং ঐনা পাম্বা অমসুং পামদবা অদুনদি হেক য়াবা নত্তে। ঐখোয়না থাকদবদি হান্নদগী চৎনরকপা আইন অদুবুনি। হায়বদি লৈশাবী

উ-রগা লাপথ্রবা মকমদা চৎলগনি। কমানসু ঐখোয় অনিবু থিবা থভ্রারোই। ঐবু উরক্ত্রবা মক্তমদ নংগী মুংমিবা অহু মরাইনা মখোং খোংনা লাকচরগনি। মতম অহুদা ইতা। নখোয় অনি লুহোংহুনা মুংঙাইনা পালু।"

রা অসি হায়রমগা হাথিয়া লাইসাণ্ডারগা চৎখরে। হেলেন-ন ডেমিত্রিয়সপু থিবা চৎলি। লম্বীদা হেলেনানা ডেমিত্রিয়াসপু শেংনরে। মুংশি রাহি কয়া কয়া হায়রে। ডেমিত্রিয়াসনা খো ঙইনা তাবিদে। হেলেনা মথরাই চাক্রে। মুপা ওইবীগী মপুক পেরবা কল্লক-কনক্লাও থোকপা রাঙাংনা হায়রকই - "পেল্লেদা, নংগী থম্মোইগী মনি, নংগী থম্মোইগী পোন্দা য়োকপা পোন্নী অহু পাইথোকখরে লাপ্প। লাইসাণ্ডারনা য়োকহুনা মপুক পন্না তেথহুনা লৈথ্রগনি।"

রা অসি ভাবদা ডেমিত্রিয়াস থগুলেপ লেপই। হেলেনাগী মনাক্তা চংশিল্লকই অহুগা হায়রকই— "কার তৌনি, মা লৈত্রবদি, নংবু ঐগী ওইবা তারে। ঐগী অরাংপা লেবর ?"

হেলেনানা হায়রকই— 'অচুম্বরা ? নংবু ঐগী নাক্তা ঐগী ওইনা লৈবিগদরা ?" হেলেনানা মাম্মা থোরাংবা মিৎয়েংনা য়েংহুনা লৈক্তে।

ডেমিত্রিয়াসনা হায়রকই— "অচুম্বনি। ঐসু নংবু পুহনা এথেল্ল থাদোক্তুনা চৎপা তারে।"

হেলেনানা হংই— "কদাইদা ঐবু পুহনা চৎকনি ? ঐসু নংনা হায়বহু মানিংই।"

লাইসাওার অমসুং হার্মিয়ানা চংখিবা মফমদা ঐখোয়বু চংলগা লোইরে।” —ডেমিত্রিয়াসনা খুমই।

হলেনা চাংনা থাগৎলজুন, মাংনা হেক খঙজবা মরম পুম্নমক লোইনা হায়দোক্রে। হুংশিবগী মফমদা মশানা অশেংবা হায়বা তাখি। অদুগা লৌনম চাউবা ডেমিত্রিয়াস মচিন্না রা অমা হায়রগা মপুক্রংদা রাখল অমা খল্লি মানা খল্লিবা রাখলদি— লাইসাণ্ডার অমদি হার্মিয়ানা চেল্লগে থোরাংবা অসি ওয়ুবদি থিংলগে নি লি। অদুগা কবিগুম্বা চেপ্ত্রবসু বন মনুংদা লাইসাণ্ডারবু হাংলগ. হার্মিয়াবু নমজুনা লৌগে নিংলি।

× × × ×

থিসিউস অ চীবা নিংথৌনি। লৈবাক ভাকপদা য়াম্না চেকশিনবা নিংথৌনি। প্রজাগী মফমদা মীচং—নীখাই নাইবা লৈতে। প্রজাগী পেন্নবতা তৌই। প্রজাশিংনসু কীবা অমসুং নুংশিবা মাগী মফমদা থমই। পুণিমা সুমিত্তা মাগী লুহোংবা অসি লৈবাক প্রজা ময়াম্বু উহনিংই। কমনাইবশিং—লুচিংবশিং অমত্তা চিথ নাম্বা লৈতনবা পাউ চেল্লি। লুহোংবা সুমিং অসিদা ড্রামা অমসু শাম্নগনি। নিংথৌ অমসুং মহারাণীসু ড্রামা অছু য়েংগনি।

ড্রামা ইবদা মমিং চংলবা কুইন্সনা ড্রামা অমা উৎকনি। পিরেমাস কৌবা পাখং অমগা থিসবি কৌবা লৈশাবী অমগা নুংশিনবগী—রাবিনি। রাসি অছু ড্রামা ওইনা উৎকনি।

ৱারী অহুগী ৱ মমং'দ – মুংশিনবা হৌকমন্দুনা নিপাস্থ হুপীস্থ মৎত্রাই খাৎথিনগী ৱারিনি। ৱারী অহুগী অশম্বাদি—পিরেমাস কৌবা নিপা অমাগা থিসবি কৌবী লৈশাবী অমগা য়াম্না নুং-শি-নরমই। থিসবিগী মপানা মখোয় অনি লুহোংবা য়ারমদে। থিসবিবু যুমদগী মপাল থোকহনখিদরে। ইমুং মপুংদা ফাত্তনা থমই। ইংখোল অকোয়বা চেকপলনা থাত্তুনা থমই। চেক-পলগী মপান্দগী পিরেমাসনা ডুই খেংহনা নুংশি ঈশৈ শকই। থিসবিনা চেকপল অহোবদা হুত্তুনা য়াই। উনরে মখোয় অনি চেকপলগী অহোবদা। ৱারী শানরে চকপলনা মবক্ত খল্লি। অনিমক মথ্রাই প্রোক-প্রোক চাকনৈ। মিংবা মিংকদা মউটন্নে। ৱা ভাংনৈ অমগ অমগা। কপমিন্নৈ পিরা শিহুমিন্নৈ চেকপলগী রাংম-রাংমদা। শরি-কাবল চল্লরে। অহিংদা মযুমদগী চেল্লগা বন মনুংদা লৈবা নাইনাসকী মোংফমদা উল্লব তারে। হুমিং অকক্লবা থানখরে।

থিসবিনা নাইনাসকী মোংফম মনাক য়ৌবা হাল্লে। মানু হেক উবদা নোংশা অমনা ভংলহুনা তান্নরকলে। থিসবিকীহুনা কন্না হৌহুনা চেনখ্রে। অহুগা লম্বীদা মাগী ইনফি অপাবা অহু তাহৌরে। থিসবিদি নাম্বোক্তুনা চেনখ্রে। নোংশানা মাগী ইনফি অপাবা অহু মচেৎ মচেৎ চিকথৎলে। নোংশাগী মচিন্দা শাফিং চাক্লবগী ঈং। ইনফি মচেৎ মচেৎ অহুদা পক্ত না লৈ।

পিরেমাসনা লাকপা মতমদা মোংফম মনাক্ত থিসবিবু

উদরে। কোইথি-থিরে। থিবা খঙদে। থিসবিগী ইনফি অপাবা ঈ-তৈবা মচেৎ মচেৎ অহু পেংনরে। পিরেমাসনা খল্লি— থিসবিবু শা কৈনা নত্রগা নো শানা চাথোকখরে।

পিরেমাস মথর ই অহু চাকলে। অপাম-মু শি থুংনজে। হিংহুনা করি কান্নগনি খল্লে। মবুক্তা ছুরিনা মতোম্মতা থিনজ-হুনা মথর্বাই থারে। ঙ ইহাক লৈরগা থিসবি অমি অমুক হল্লকই। মানা পিরেমাসনা শিহুনা লৈবা উরে। মাহাকমু মতোম্মতা ছুরিনা মবুক্তা থিন্দুনা শিরে।

| ড্রামা য়াঙবা মীশক | | শক্তম |
|---|---|---|
| তাঁতী বটম | — | পিরেমাসকী শক্তমদা |
| হাপব | — | থিসবিগী " |
| স্নাগ | — | লোংশাগী " |
| মু উট | — | পিরেমাসকী মপাগী " |
| কুইন্স | — | থিসবিগী " |
| ষ্টারভেলিং | — | থিসবিগী মমাগী " |

তাঁতী বটমদ পিরেমাসকী শক্তম পিরে। মরমদি মহাকী শক্তান মাইক অমসুং ব্রাঙাং শাঙাংসু নৌনা পোংনা হায়বা হৈ। হাপব অমসিনা তৌত্রি মখোজ মুংশিবা পাম্নরি মহাক্না হৌজিক থিসবিগী শক্তম লৌবা তারি। মরমদি মাদি চহিসু নৌরী শক্রাম্মু মুপীশক মাল্লি—খোঙ্গেলসু—মুপী মখোজ মাল্লি। স্নাগনা লোংশাগী শক্তম লৌবা লেপ্পরে। মরমদি মাদি ব্রাং—চাউই—

মমাই পাকই অমসুং মশমন্না জম জম শাংনা চৌই। পিরেমাসকী মপাগী শরুমদা স্নাউটনা ওইরে। ষ্টারভেলিং না খিসানগী মমা শারে। মাদি তেংখা-নাউওইবা য়াম্না হৈ। কুইন্সন পুথোক পা ড্রামানি মহাক্না মেনেজরনি। মা মশামক্না খিসনিগী মপাগী শরুম লৌবে। মখোয় পুম্নমক অসি ড্রামা য়াওরবা অমসুং ড্রামাদা হৈরবা মীতা তাক্কনি।

এথেন্স সহরগী মন্নুংদা ড্রামা হোল শারুম লৈতে। মরম-দি মী লিশিং লিশিং তিনগদবা ড্রামানি। কম কচৌবা অপাকপা নত্রবদি ড্রামা হোল শাবা য়ারোই। মী লিশিং অমনা ড্রামা হোল শাগদৌরি। মী লিশিং কয়ামুক্না রা কারছুপ লৈতেং ওইবা, য়েংবদা ফজবা য়েকথোংপা কয়া তৌগনি। ড্রামা শা-ন্নগদবা বোংমা নিনি ব্রাংলিউেদগী মরুম অদুদা মী পুনবা হোগনি। অচাপোং কয়া—, কিরোল ফজ—ফজবা কয়াম্সু য়োনগনি। মেসা অমগী মওংদা তৌগদবা, ড্রামাসু উংপা কুম্নৈনি। মীপুম খুদিংমক উহন্নবা মফম শেমদবা য়ানবনি। নিংথৌগী অকনবা হুকুমনি।

মরম অদুনা লমহাং অপাকপা খিরকপদা বন মন্নুংদা ড্রামা হোল শাবা লেপ্পরে। করম্বা বননো থিরকপা তারি। সিল লৈতবা, তিনকাং চেন্দবা, হওোই লৈতবা, মিরাং থুদবা মফম ওইগনি। অমুকসু—তিনখং পাম্বী হৌদবা—নাপী শিংনা হৌদবা মফমসু ওইগদি—। পুথ্রি ফজবা অরুবা ঈশিংনা পিক থন্ন লৈবা, মনা চুম্বা উপাম্বী য়াম্না হৌবা মফম ওইবা য়াই।

ঊফুংকী ঊশিংনা মরিক মরিক চাইথোক্লুনা ওলাংবা-খোরাংবা কোকতুনবা মতম ওইবা য়াই। হৈনম-লৈনম চুরবা সুংশিং মায়ি-মনা হুরক্তনা চোকখৎলবা মীরু তকথংতনবা মতম ওইগনি। অহিংদা পাবকপী ঊপোম হোৎরবা মতম ওইগনি। বকপী লমদম অদুদা তাবদা সুংশিরবা চাওথ-তেনব্রাগী খোঞ্জেল লৈগনি। অরাপ্পদা তামনগী খোঞ্জেলনা খোনথাংতুনা পুক্নিং পেনবা লোকপা মতম ওইগনি।

নিংথিজরবা পাক চাউরবা মতম অমা থেংনরে বনসী মনুংদা। এথেন্স সহরদা পাংলাপ লাপ্প মতম নত্তে। মতম অসিদা মীথ-তিনবা হোৎরে। মী কাংবু কাংবু লাকই। লাইসাংগী অমসুং হার্মিয়া মতম অসি য়োৎক্লে। ডেমিট্রিয়াস অমসুং হেলেনাসু লাকলে হোল শাগদবা ভ্রামাগী ফমপাক লেমগদবা কাংবু থুংলরে। লাইয়েকপ হৈবা পীগ্ন য়াওরি। মহৌশানা মতম অসি তাইবং মীনা থত্তবা মতম নত্তে। কুম্মৈ তৌবদা হরাউ তুং-ঙাইদা চপচানা চাদবা নিংঙাই হৈতবা মতমনি। মী নত্তবা হেজোইশিংনা থাজবা ফবা অহিংদা ইত্তত্তনা মরম মতমনি। মতুংগী অহিং অদুগী হেজোই কাংবু অমসু লাক্লে।

হেজোইশিং অসি লাক্তি-লাক্লগা কয়া মখেন্দ্রা ৱাংদে। সুং শুক লুক্ষ্মানবগী মওংদ লৈনৈ। মরমদি মখোয়গী নিংথৌ ওবেরনগা মাগী মালি টাইটানিয়াগা থৎনবে। মরম অদুনা হেজোইশিংগী হরাউশং অসি থোক্লা শাবে... নিংথৌগী অমা,—রানীগী তোং-ঙানবা শং অমা। ... ...ঙাইনি? মহৌশানা পিবা



'মুংশি যোলোম তৈশিল্লু ।"

মতম অসিমক্তদা বল অসিগী কজগ্রবা রাণী টাইট্যানিয়ানা মাগী হল্লোই মত্যেরোইশিংগা লোইনত্তুনা ইশৈ শক্তনা জগোই শাত্তুনা লাল্লরি। লমদম অসিগী মনাক্তা লোক্তগী চেপ্পকপা তুরনগী ঈশিং অরুবা অত্তুগী মখুংদা অমম্লুং লেরাঙদা খোঙহুন। ত্রোং ত্রোং তায়বা খোম্লোক্তা লৈন-লৈনা জগোইগী তাম্বা পিরি তুরেল মচা অসিগী তোর্ব্বান্দা নাপীমা ইশং শংই। অত্তুগী মথক্তা কুণ্ডা মানবা থাম্লনা মত্তালগী ঈপোন হৌরি। মরক মরক্তা তোর্ব্বান মথক্তা নেম নেম তৌবা মনা পুংবা উপাম্পীনা মপাল ফজনা শাৎলি। তাংঅহৈবী উরীনা পাম্বীশিংদা যেংনা লৈনা কাখৎলপা উপাম্বীগী মপাল মরক্ত উরীগী মপালশিং অত্তু থেৎতুনা মাচোম চবুল শেমলি। মলয়া নুংশিৎ নামিবা হৈনম-লৈনম মযুক্তা লীরি শিত্তুনা বনগী মকম থুদিংদা হৈনম-লৈনম যেল্লিঞ উমা পুংবা উশাদা তোংত্তুনা কোকিল অমম্লু খাইনিংনা কৌন খোংনা খোংলকখি। মকম অ সগী মহৌশা লাইরেম্বীগী শক্ত-মদি পুক্কি হুনদগী মশক্কি। রানী টাইটানিয় জগোই শারম্বদগী চোকথরে মত্যেরোইশিংগী মুংশিরদা ইশৈগী খোম্লোক্তা নাঙ-শুম ইশৈ ওইত্তুনা রানী তুমথরে। মত্যেরোইশিং অত্তু মাগী মাগী মখোদাং পাংথোক্কবা চৎনথরে। রানী মত্তোম্বতা তুমহুনা লৈহৌরে।

মসিমী তাঙ্গা অসি ওবেরনন্না ভাইহুনা লৈরমলিবনি। ওসাইমথৈ ওবেরননা মুনা মুনা মক্কথদগী য়েংহুনা লৈরম্লিবনি।

হৌজিক্তি মাগী খুদোং চাবা অমা কংলে। রানীনা মতোম্মতা তুমহুনা লৈবা উবজুনা মনাক্তা লোয়া চংশক্লুনা রানীগী মমিত্তা, ‘মুংশি মোংগোম” অ নিংথিনা তৈশিনল্লে।

এনগী মচি অমরোমদগী লাইসাঙাব অ মুং হামিয়া লাক্লি। মখায় মনি অসম্ভ পুংথিলচুম্বা মখোংনা চৎতুনতা লাকপগী মশা চোকথনে থারে। পোকথানিংই ডাইহুক্লং। হামিয়া ফমথরে। হেক ফমথবগা থ্রামন্দুনা তুমথরে। লাইসাঙারনা সব লাপথোক্লা তুমথথরে। মখোয় অসি হৌজিক ফাওবা লুপ্তহাদরি।

তাঙ্গা অসদা পকনা খুদোং চাবা অমা কংলহুনা লাই-সাঙারগী—মামত্তা “মুংশি মোংগোম” তৈশিল্লে। নিংথৌ ওবে-রননা ডেমিত্রিয়াসপু মোংগোম তৈয়ু হায়র্বনি। অদুবু পকনা লাইসাঙারবু ডেমিত্রিয়াস ওইরমাল্লে থন্দুনা লাইসাঙারদা মুংশি মোংগোম তৈথিবনি। অদুগা ওবেরনদা চংহুনা মাগী হুকুম মতুং ইন্না থবক তৌরম্লে হঙ্গংলুই।

ডেমিত্রিয়াসকী মতুংদা হেলেনানা তাল্লরক্লি। অকনবা পাথংগী মতুংবু লৈশাবীনা হুমীং চুপ্পা ইনবা ওম্বা হৌনদে। হেলেনা তুংদা যাম্না শোথহৌরে। মতোমতা পংচত্তা চৎলি। মতা চারুহনা লাইসাঙারনা নাপী মথক্তা তুমলিবা অম্বু থেংনক্লুরে।

লাইসাঙারগা হার্মিয়াগা এথেন্স থাদোক্তুনা চৎথিবা অসি হেলেনানা ডেমিত্রিয়াসতা তাক্লুবনি। হৌজিক ডেমিত্রিয়াসনা

লাইসাণ্ডারবু হাংকনি হায়বা ৱাশক অদু তাকথোকে থন্দুনা তুম্বনগী লাইনাণ্ডারবু হৌদোক্লে। মশা হিংজনবনি। লাইসাণ্ডার ফুক হৌগংলি। হেলেনাবু হেক উবদা মুংশিবনা হকমনখিদুনা লুহোংসি হায়জরে। হার্মিয়াবু মুংশিবা অদু পুমকাউ—কাউথোকখ্রে। মুংশি মোলোমগী মগুননা থোকহনবনি।

লাইসাণ্ডারনা হার্মিয়াবু মুংশি হায়বসি হেলেনানা মুন্না খঙই। মরম অদুনা অন অচিকপদা মাবু উশিন্দুনা নুপীনি হায়দুনা মচিথোক—মথাথোক পংডাং—ডাংবনি শল্লি থোল—অথিবা হায়দুনা চৈরে। হেলেনা চেনখ্রে। লাইসাণ্ডারনা তুমলিবা হার্মিয়াবু—লংথোক্তনা হেলেনাবু তাম্লখ্রে।

তাইহাক লৈরগা হার্মিয়া তুম্বদগী হৌগংলে। মানা তুমলিউদা মং অমা মংই। —মাগী মমং অসিদা মদু শেনবা লীন অমনা মাগী মথক্তা কৈদি কোন্দুনা মরৈ তম্ল—তম্লদুনা শান্ন রমই। মামা কীমনগ্রদুনা "হো লাইসাণ্ডার। হো লাইসাণ্ডার। ঐবু কনবিয়ু। ঐবু কনবিয়ু।" —লাউরমই। —থুনমক মিকপ থোক্লে। ফুক হৌগংলি। কোইয়েং য়েংই। লাইসাণ্ডারবু উদ্রে। হার্মিয়া ভাওরদুনা কোইচেন চেল্লি।

কুইন্সমচিংবা ড্ৰামাগী মীশকশিং অদু, রানী টাইটানিয়ানা তুমদুনা লৈরিবা মনগী কক্তবা শরুক অসি য়ৌরক্লে। —"খেল—কক্কথরেদা মকম অসিদি ঐথোয়গী ড্ৰামা হোল অসি, মকম অসিদা শাবা তারে। লাও, পিরেমাস! নংগী ভাংগদবা ৱাহৈ

শিং অহু ভাংলোরাও। ঐখোয় রিহারশেল তৌসি॥ থিসবি। নংস্থু পিরেমাসকী মনাক্তা লেপ্পু।"

তাতী বটমনা পিরেমাসকী শক্তমদা হায়রকই—"থিসবি! হৈনম লৈনম পুরবা মলয়া নুংশিংনা লিরি লিরি হুমাল, ইবেম্মা, নুংশিবী। নংনা ফুইনা ফুইনা হোম্দোকরকপা নুংশাষ্মরবী মনম-না পাথং ঐগী খম্মোইদা পাল্লে। করিনো? করিগী মখোল-নো? তুমিন লৈম্বু, তৌদ্রি মখোল ভাইহাক্তা লেপখো। করিগী মখোলনো? ঐ অমুক্তা য়েংলুগে।"

অসি হায়রম্লগা তাতী বটম অহু বনগী অতোপ্প মচি অমদা চেম্মোকখ্রে।

থিসবিনা হায়গদবা বাহৈ অহু তৌদ্রিদা খোংহুনা হায়রকই— ইবুংঙো, পিরেমাস! নংবু উবা অসিদি মিৎপু—ইথক—থক্লে। নংগী কুচুদি থরো—অতোবগী মপালগুম্না তোরাক্ত তোবা কুচুনি। অ তোগা কুচু অহুদা ভাঙ্রানবা গুলাপকী মশেক—মঙ্গাল কাওই। ইবুংঙো। নংদি চহিস্থু নৌরিবা নশা য়াম্না খিঙলিবা, চেন চোংবদা অরাবা পোকত্রিবা পাখং মচা অমনি। আরবী শগোল অতাওবা—কৈনা যুংনা, কেনা নৌনা খোংচৎ উৎপদা অরাবা পোক্তবা—থাজবা য়াবা, হে কজরবা ইহুদী পাখং। ঐনা নংবু নিনিগী মোংকমদা নংগা উননবা তৌগনি। —হে পিরেমাস!

মেনেজার কুইন্সনা শাউহুনা হায়রকই—লায়া হেক্তা হায়-গনু। —"নিনিগী মোংকমদা" হায়বা নত্তে। "নাইনাসকী মোং-কমদা" —হায়গদবনি। অহুগা নংনা ইশম-শয়না লোইনা

হেক্তা ব হায়বস্তু তৌগনু ...... .... ... "উৎপদা অরাঙ্গা পোক্তবা—থাজবা য়াবা, "———মতাং অসিদা লেপ্লুনা লৈখে। অচুম্বদগী শিরেমাসনা ব্রা অমুক হায়রক্লগা——"হে কজরবা ইন্দ্রদী প্রাথং।" অসিনচিংবা অমুক হায়গদবনি।

"ব্রা, অদু হ য়ুগদবা ওইরে।" তৌদ্রি মরেলদা অমুক হায়রকই—"অরবী শগোল অঙাওবা—কৈনা—য়ুনা, কৈনা চৌনা থোংচৎ উৎনদা অরাবা পোক্তবা—থাজবা য়াবা।"

মতম অসিদা তাতী বটম অদু বনদগী হল্লক্লে। তৌইঙ্খস্নং অঙকপনি, হাই হাই। কয়াদা কীগ্রবা য়েংবদা। করি অতৌনো? তাতী বটম হল্লকপা মতমদা তোলা হায়গা শা অমুগী মকোক পান্দুনা হল্লক্লে।

করিনো, মিত্র লা? তাইবংল? মংলা? ড্রামা য়াওরিবা মীশক খুমিংমক্ত কীরক্তুনা লোইনা চেল্লগ্রে।

তালাংবা খ্রবক খোকহল্লিবদি অতৈ নক্তে—এবেরনগী মনাই নিপা পকনা শান্নরকপা লৌলানি। ড্রামা শান্নবগী রিহ য়শেল তৌবা অদু পকনা তুমিন্না লোন্না য়েংলমই। মানা অঙকপা মথেল অমা তাতী বটমবু তাহল্লি। তাতী বটমনা বন লোমদা চেখৌকরকপদা লোগাগী মকোক অমা তাতী বটমগী-মকোক্তা উপশিনবি। তাতী বটমদি করিস্তু খঙজদে—মকোক্তা লোলা মকোক তোপশিল্লে।

ড্রামা য়াওবা কাংবুনা মাবু উরগা হৌদুনা হেক্তা চেনবা! অদুম্ব করিনীনো—হায়বা তাতী বটমনা শুকখঙ খঙজদে। মানা

লিবা কুইন্স অসি ডেমিত্রিয়াস অমসুং হার্মিয়াদা থোকপগুম্বনি। মুপীনা পামদবা মীপাওখোক ওইরবনি॥

অসিগী মমাংদা ডেমিত্রিয়াসকা হার্মিয়াপা উন্নরে। হার্মিয়াদি হৌজিক লাইসাণ্ডারবু থিরি অমসুং মাগীদমক জাওরি। হার্মিয়ানা ডেমিত্রিয়াসতা পামদবগী বাত্তাং বাত্তা অতুমক হায়রি। লাইসাণ্ডারবু কংলবদি মাগী মনাক্তা পুবিরকউ হায়রি। ডেমিত্রিয়াসনা থৌশাবিদে। মানা লাইসাণ্ডারবু কংলবদি হাৎনবা হোৎনরগা হার্মিয়াবু নমতুনা লৌগে হোৎনরি। হার্মিয়াগী মমাং মতুংদা হাৎকে নিংই। নিংথৌ ওবেরননদি ডেমিত্রিয়াসকী মমিত্তা ফুংশি মোলোম তৈথু হকুম তৌখিবনি। পকনা শোইতুনা ডেমিত্রিয়াসতা ফুংশি মোলোম তৈথিত্রে হায়না ওবেরননা খঙলে। মরম অতুনা 'ওবেরননা পকপু কৌশিল্লি।

হার্মিয়াগী ফুংশিবা নিপা লাইসাণ্ডারনা মাবু থাদোক্তুনা হেলেনাবু জান্নরি। মাসি উরগা মাগা মথরাই অতু চাকলে। হার্মিয়ানা হায়রকই—"ফুংশিবা নংনা তৌরিবা অসিবু করিনো? খল মতুং অসিদা নংনা ঐবু কাওথোক্তুনা,—ঐবু হান্দোকপিনা অসি করি ধর্মনো? ঐনা নংগী নকমদা করি অকায়বা চৎখিবগে? ঐনা নংজোন্দা অকায়বা লৌচৎ চৎলবসু নংনা ঐবু থিনা চৈবা,—ফুবা য়াই। অতুদি নত্রতনা নংনা ঐবু কাওথোক্তুনা মিকুপ অমগী মতুংদা হেলেনাবু হেক্তা ফুংশিখিবা অসিদি হিংচাবগী লৌচৎ নত্রা? নংনা অসুম তৌবিগনি খঙলম্লবদি নিংথৌ থিসিউসকী দণ্ড কংজবনা হেন্না ফরমগনি।"

কনা হায়রকপুনম্ম লাইসাণ্ডারনা হার্মিয়াবু হন্না য়েংখিদরে। অন্তাওবগুম মাদি হেলেনাবু কংনবা তান্নরি। অদুগ হার্মিয়ানা লাইসাণ্ডারবু তান্নরি। লাইসাণ্ডারগী হনবা লৈতবা মরমসং অসিনা হ মিয়া অমম্মুং হেলেনা অনিমক্কা দশা তারে।

থোদোক পুম্নমক ওবেরননা উরে। পকনা মনাক্কে য়েরিক-কদদা ওবেবননা মাবু য়াম্না খিনা চৈরে। অরানবা থবক অমা থোকখিবদগী মী য়াম্না য়ানরে। পকনা অরানবা অসি চুমথোক্লিংই। মাতুগী খুদোং চাবা ফংদে। লাইসাণ্ডার অমস্তুং ডেমিত্রিয়াসনা অমুক তুংজ্রবদি অরানবা চুমথোকপা হেক য়াবা নত্তে। মরম অসিনা ডেমিত্রিয়াসপু তুমহন্নগা মুংশি মোলোম তৈজবদি অরানবা চুম-থোকপা য়াররোই। ডেমিত্রিয়াসতি তুমহন্না পোথাপা হায়বদি ইতোৌ তৌরক্তি। মাসু য়ারে। পোথানিংই। মনগী অচিকপা মকম য়েরিকপদা মহাক ভাইহাক্তং পোথারে। থত্তহৌদনা উইথ-রক্তুনা তুমথখারে। ওবেরননা লাক্তুনা মুংশি মোলোম মফিত্তা তৈশিল্লে। মানা তুমগ্রবা মতমদা হেলেনা লাক্তনা মনাক্তা ফম্নরে।

ডেমিত্রিয়াস ভাইহাক তুম্নগা ফুক হৌগংলি। মমিংথৈনা য়ে থোক্লকপদা হেলেনাবু উরে। অত্তকপনি মুংশি মোলোমগী মগুণ অসি। মহান মথৈ মুংশিদে মাগী য়াথল থাদোক্লো চায়-রম্বা নিশা অত্তনা হেলেনাবু মুংশিবগী খুদম ফংলে। চুম্না মুংশিবা নত্তে। মথম্বাই মক্তগী হেন্না মুংশিবনি। লাইসাণ্ডারনস্থ মাবু মুংশিবগীদমক থম্নাই চাকপা উংপা অসিম্ম নিংশিংই। হেলেনানা

চিংনৈ—মিপা অমিমক্না অমুক মাগী ঙাক্লিবা উংপা অসি মাগী মপুক্নিংদা কৌরি খোঙদগে চিংনৈ। মানা খল্লি—ডেমিত্রিয়াস কাইসাণ্ডার অমসুং হার্মিয়া মখোয় অহুম পুম্না রা তান্নবগা মাবু অন্তাক্পী অমা লেপগাদৌরিবনি মরম অতুনা মান্না ঙাক্শিনবা ডেমিত্রিয়াসপু মানা মপুক্নিং লোনা থাজবা ওইদে। মরম অতুনা মানা "—হৈবুংদো! ঐবু হন্না হন্না কাপী করাং তৌহুনা ঙম্লাক মমাংদা হৈকাইবা পিবিগনু।" হায়রম্লগা বনগী মচি অমদা চেনখ্রে।

মতম অমিদা লাইসাণ্ডারগা হার্মিয়াগন্না মফম অমিদা থোরক্লে। ডেমিত্রিয়াসনা হেলেনাবু যাম্না ঙাক্শিন অমসুং লাপ-থবা মতৌ উৎরে। মাদি ঙাক্শি লোমোম্মগী মঙ্গনন। হেলেনাবু কংনবা তান্নরি। হার্মিয়াবু থাদোক্লম্লবনি। হার্মিয়াবু ঙাক্শিন মতমদসু ডেমিত্রিয়াসনা থুরো চনবা, হৌজিক অমুক হেলেনাবু ঙাক্শিনবরবদা থুরো অমুক চনবা উৎরে। লাইসাণ্ডারন ডেমিত্রিয়াস অসি মাগী অশেংবা যেংবনি খল্লে।

মখোয় অসি হৌজিক শ উনরে, যুংখংনরে। থাং লাংনা-হুম্না চাইনরগে হায় থোক্লার।

পক্কন উহন্দনা মকুমদগী উরে মাথায় অনিগী তৌনরিবা থবক অদু। মান খল্লে,—মাগী থৌশিল লালবদগী থোক্লি-বা থবক্নি। চাইনবদা অনিমী মরক্তা অমা শিবা থোক্লবদি নিংথৌ ওবেরনা মাবুসু হাংপা য়াই। মরম অদুনা মানা হাথল্ল তৌই। মম্নগী পান্নেনা খিংগে নিংলে। থ্রাবলনা ঈপোথ

হৌববা মফম অহু মম্বনা মীশক উম্নহন্দরে। লাইসাণ্ডারগী খোঞ্জেল মালহন্দুনা ডেমিত্রিয়াসপু মাইকৈ অমরোমদ। চাইনসি-চুংনসি হায়বা ৱাহৈনা কৌখোকখি। ডেমিত্রিয়াসকী খোঞ্জেল শাহুনা লাইসাণ্ডারবু মাইকৈ অমরোমদা ওন্নতৈনবা লমদমদা কৌখোকখি। মখোয় অনি ৱায়া লাপ্প-লাপ্প লৈনখরে।

নোংডাম্নমদাই য়ৌবক্লবদা মখোয় অনিমক কান্নদ্রে খন্দুনা লাপ্প লাপ্প লৈনরগা তুমখখরে।

মুংশি-মোলোমনা তাইবং অসিদা ওন্নতৈনবা থোক্লিবা চাই-থাইবা কারল-ভূরল তৌবা পুম্নমক ওবেরননা কল্লে হায়বা খঙলে। মরম অহুনা মানা মুংশি মোলোমগী ময়াই থিংনবা মাগী মোলোম অতোপ্পা অমা লৈরমই। টাইটানিয়া কানবা থম্বা মোলোমনি। মরম অহুনা মানা হৌজিক য়াম্না শিংনা তুম্লিবা লাইসাণ্ডারগী মমিত্তা মুংশি-মোলোমগী ময়াই থিংবা মোলোম অসি তৈরে।

লাইসাণ্ডারনা তুম্বদগী হেক হৌগংলকপদা মানা হেলেনাবু মুংশিক্লবা অহু কাউখরে। হায়গী মতৌঙম্না হার্মিয়াবু মুংশিবা অহু কন্না লৈরে। কাউক্লবা মুংশিববু অমুক হনজিনবা হায়বা থবক অসিদি মুংশিববু মখোশংবা থবক্নি। মরম অহুনা মানা হার্মিয়াবু কোইথি থিহুনা উনরে। মানা লাম্নবা ঙাকপিযু হায়-জরে। হার্মিয়াম্ন থৱাই চাক্লা থাইনহুনা লৈক্লবদগী মুংশিবা নিপাবু অমুরক হন্না ৮ংবদা চংনা শাইরৈবাক ৮ংবগুম থোকলে।

ডেমিত্রিয়াসকী মফমদা অকায়বা করিস্নু লৈতে। মুংশি-মোলোম অহুনা মাগী মফমদা হেলেনাবু মুংশিহনবনি। নিংথৌ

ওবেরননা মাবু শোক্তনা থমগে। লাইসাণ্ডারগা হার্মিয়াগা হান্নদগী নুংশিনরকপা কায়দমা লৈবা উবদা, হেলেনানা ডেমিত্রিয়াসতু পুকচেল শেংনা নুংশিজরে।

+ × ×

রানী টাইটানিয়ানা হৌক্তিক তাঙৌ বটমবু থরাই শোক্লা নুংশিরি। মাগী লোলাগী মাকোক অহুতবু যাম্না পামজনা থল্লি। নিংথৌ ওবেরননা মনাক্তা চংতুনা ফমই। ইকাই থাংদগী রানীনা তুমশিন্নতুনা উশিন্নদনা লৈলোকই। মনিং উইশিল্লিত্তে তাঙ্গা অসিদা, নিংথৌ ওবেরননা ময়াই তোবপা মোলোম অহু শং-তৈথরে।

ক'রনো মিত্তা নানখিবা অহুবু,—১মিং হেক পাপোকপদা লোলা মকোক পানবা তাঙৌ বটমবু তুক্কচরে। মনাক্তগী থোরক্লে। নিংথৌ ওবেরনগী মকথদা চংজনিংই। ইকায়বনা মরু লুকথৈ, মথাই ঙাংই। নিংথৌগী নাক্তা পাকচংবা ঙমদে। হায়-জরকই—"ঐগী ইরাল পুম্নমক ঙাকপিয়ু।" নিংথৌ ওবেরননা তাঙ্গাচারে থল্লতুনা হায়রকই—"ঙাকপিয়ু হায়রবদি মশক ফজবা অঙাং নিপামচা অহু পুরক্তুনা ঐঙান্দা কৎলু। অহু নত্রবদি ঐমা নংবু পুন্সি অসিগী হন্না যেংলরোই। নংদি নরমচং ফত্তবা মুপীনি,—নত্তা লৈন লৈনা অতোপ্পা নিশা অমবু নুংশিবা অসি, মুপীগী লমচং নত্তে।"

রানী অসি রাঙাংবা থোক্তে, পাদ্বৈ লৈত্রত্তুনা অঙাং অহু

পুখাক্লনা নিংথৌ ওবেরনদা কৎলে। হেলোইশিংগী মপুংদা ইরাং হৌরম্বা অহু লোইরে।

পকনা তাতী বটমধু মকোক্তগী লোলা মকোক অহু লৌথোকখ্রে। তাতী বটমস্থ প্লান তারহুনা, মাগী মমান্নবা ড্রামাগী কাংবুশিংবু খিরক্লে। মানা খল্লি থোক্রিবা থৌদোকশিং অসি ভুপ্পদা মংদা পাউ উথিবা ওইরমাল্লে।

হৌজিক নোংভাক্লে।

নিংথৌ থিসিউস রানী হিপোলিটাগা লোইনহুনা বনদা লাক্লে। ইজিউসস্থ মচানুপী থিবা লাক্লে। ইজিউসতি মচা নুপীদা নত্তে, ডেমিত্রিয়াস লাইসাণ্ডার অমস্থুং হেলেনা মখোয়বুস্থ খিরিবনি। বন অসি য়োরকপদা মখোয় পুন্নমক বন অসিদা লোইনা থেংনরে। মানা য়াম্না ভকপদি ডেমিত্রিয়াসনা হার্মিয়াবু পামজদরে হায়বহুনি। মানা য়ারে লাইসাণ্ডারদা হার্মিয়া পিথোকখিবা। মাদি হেলেনাবু হৈম্বা পামজরে। ইজিউস করিস্থ শাউকম থোক্তে। মানা হৌজিক লাইসাণ্ডার অমস্থুং হার্মিয়াগী লুহোংবদা য়েংলরোই হায়রে। বেডাসায়া অমত্তা লৈত্রে।

নিংথৌ থিসিউস য়াম্না হরাউরে। মানা হৌজিক হুকুম তৌরে। লুহোংবা অহুম্মক পুলপ্না নোংমতদা পাংথোকপা তারে। নিংথৌগা হিপোলিটাগা, লাইসাণ্ডারগা, হার্মিয়াগা, ডেমিত্রিয়াসকা হেলেনাগা।

তাভৌ বটম অসি হেলোইনা পুহুনা ভাওরে—মকোকস্থ লোলা মকোক পাল্লরে। মাবু কিহুনা মনাক্তা মী অমত্তা চংলু-

দরে। মচাক হৌজিক মাগী চপচাবী মীওইবগী শক্তমদা ময়াম পুম্নমক হরাউরে। হৌজিক ড্রামা অদু নিংথিনা উৎপা

লুহোংবা মুমিৎকী অহিং অসিদা "পিরেমাস অমসুং থিসাব ড্রামা অসি ফজনা উৎলে। নিংথৌগী মফমদা চৎকদবা লীচৎ- করিসু অরাৎপা লৈতনা উৎখরে।

ড্রামাগী মী কাৎবু অমসুং ভাবক ময়াম অদু কায়নপ্রবা হেলোইশিংনা ইশৈ শক্কনা জগোই শাদুনা মুংঙাইহৌরে।

লোইরবা

লেখক্না ফোংলবা লাইরিকশিং:—

(১) সেক্সপিয়ারগী কমেডি পুস্তক

প্রেস্টা লৈরিবা লাইরিকশিং:—

(১) রোমিও জুলিয়েট।

(২) ওথেলো।